# সংজ্ঞান

## (শাগৈগী হৌরকফম অমসুং মেক সনাই)



রাজকুমার সনাহল

## হীরম

# সংজ্ঞান

## ২ সুবা মতাং মণিপুরী জাতি।

### শাপৈগী হৌরককম, য়েক সলাই

পৃথিবীগী মী পুম্নমকসি অহানবদা চাউরাকনা কাণ্ডলুপ ( জাতি ) ৪ খোক্লা খায়বি, কাণ্ডলুপ ৪ অদুদগী অসুক য়াম্না জাতি পুম্বসি থোকখিবনি, মরু ওইবা কাণ্ডলুপ ৪ অদুদি :—

(১) নেগ্রিড—Negride or Negritos the people of Africa.

(২) মঙ্গোলিয়া—Mongolide or Mongoloids—The people of mongolian race.

(৩) দ্রাবিদিয়ান—Dravidians—Civilized or Advanced mediterranean, who became Dravidians.

(৪) আর্য্য Aryan or Vedic Aryans or Nordics. who brought the Vedic Aryan—Sanskrit speech, who are responsible for Indian Civilization and seem to have come from the Coucasian region.

মণিপুরী জাতিদি ৪ সুবা আর্য্য Aryan কাণ্ডলুপকী মনুং চনবনি, মরমদি মণিপুরী মৈতৈ জাতিদি বৈদিক অমদি সংস্কৃত লোন শীজিন্নরকপা জাতিনি। মসিগী মরমদা থুদম থরদং নিংসিংলি।

১ বদা :—

১। খ্বাইগী মরু ওইবা মৈতৈগী উচ্চারন খোনথোক্কা সংস্কৃত অমসুং হিন্দিগী খোনথোক্কা মান্নে। ময়েকী মরমদসু অঙ্কানি; অদুগা মরু ওইবা রাহৈ অয়াম্বসুং অক্কা ওইনা তৌই, খ্ব মাও চহি য়াম্না মমাওদগী হৌনা মৈতৈনা সংস্কৃত লোন শীশিন্নরকই, নোংদা লাইরেন পাথংবনা

(৩৩-১৫৪ খৃঃ) লৈবাক্তী চৎনবা শেন মখায়ময়েক্তা সংস্কৃত ময়েক লোন ইহৎনা চৎলি। অসুম্বা খুদম কয়ানা মণিপুরীদি আর্য্য সংস্কৃত লোন শীজিন্নবা জাতিনি হায়বগী প্রমাণনি—খুদম খরা—

| মৈতৈ লোন—সংস্কৃত | | মৈতৈ লোন - সংস্কৃত | |
|---|---|---|---|
| মা | —মা, মাতু | লুপা রূপা | —রৌপ্য |
| পা | - পা পিতু | পিথ্রাগ্রই | —পিত্তল |
| সগোন | —অশ্ব | পুখ্রী | —পুষ্করিণী |
| কা (কাথল) | —কক্ষ | হাৎপা | - হত্যা |
| যণ | — যণ্ড | চৎপা | — চলল |
| সনা | — স্ব'ণ | চাবা | —চমন |
| মারিচিং | — মরীচিন (সুর্য্য) | সেওৎপা | —ছেদন |
| হুবা | —হরন | চুম্পা | —চুম্বন |
| কক্‌পা | - কর্ত্তন | খোৎপা | খন |
| লেকপা | —লেহন | বাশী | বংশী |
| থয়ুম | —থ (অত্রিয়া) | কৌব্রু | —কুবের |

জল, হস্ত, চরন, নয়ন, দান, ধর্ম্ম, সনর্পন, পত্র, ধুপ, ঘট, রাস, মণ্ডল, সংকীর্ত্তন, বন্দনা, প্রার্থনা সভা দোষ, গুণ, উপকায় শ্রাদ্ধ, তর্প'ন, স্নান, প্রতিকার, মন্ত্রী, যন্ত্র, যাত্রা, বর, তুলসী, সিন্দুরা, কর্পুর, দর্শ'ন, মুর্ত্তি, হোম জপ, ব্রত, পুজা, দক্ষিনা, যুবরাজ, সেনাপতি, চন্দন, সেবা অসিনচিংবা লোন কয়াম্ব শীজিন্নবকই

## তাইবং শেম্বা ।

মণিপুরীগী পুরাণ লৈথক লৈখারোম্না হায়রি :

হৌজিকতি তাইবংপানবা অসিবু সেমলকভৈগী রাবু ফাওনা হায়রকে । তাইবঙপানপা মপু লাই সিত্তপা অসিনা হ'ম, হায়না কনচাওরকলে ।

১। উম্‌ হায়না মপুক নিংসিংলকলে। তাইপঙপানবা অসিবু সেমকে হায়না নিঙলকলে।

হেবে মকে নহে কারে হুন মিহে হাসি নারে। মরে হাসি হসী কারে নারে সহে মরু কারে॥ হেরেতি উইতে মিকিংহিং মিহিংসং চিংতেতে চিংতেতে নপলু। সিরিং কিরিং কেথ্‌রেঙ-নৌ-সহা। কিরিং সিরিং সলহুরিং কাইনোংতা কাঙপিরু নোঙ চিরেন পুরিং হরিং স্বহা। উইতে মুংতরেঙপি সংথুপমু অংক সিরিংকিরিং।

নোংতরেং অসি খৈদিকপু নিংসিংলকতুনা অকোয়বা থাপি ময়ুম-কি মশক থোকলকলে। অকোয়পা থা মহাকতি মকনে। তাইপঙ পানপা মপু কুয়োংনে।

১। মাতুপু তাইপানপা মপুনে, অকোয়পা থাপি ময়ুমকি মশক অতুপু চুমিতাংকি মসক্‌কুমনা ২ ওইনা খায়তুনা মতোল লোংলে। মতোল মহাকতি সনচিঙ ওইরে। সনচিঙ মহাকতি অতিংকোকনে। সনচিঙকি মখাতা অমমপনা লৈএ।

৩ হৌচিক রারম অমা হায়কে : তাইপঙপানপা সেমলকলৈকি রাপু ফাওনা হায়কে, তাইপঙপানপা মপুনে, অতিংকোকনে, অমমপনে লাই ৩ না সনচিঙকি ময়ায়তা তাইপঙ পানবা অসিপু সেমকে হায়তুনা রা তানরে।

হেরে মকে নহে কারে হুমু মীহে হসি নারে। মরে হাসি হসি কারে নাবে সহে মরু কারে॥ হেরেতি উহতৈ মীকিংহিং মীহিংসং চিংতেতে চিংতেতে নপলু অংক সীরিং কীরিং সীরিং সালনরিং কাইনোংতা কাঙপিরু মুঙপিরেল পুরিং হরিং সহা। উইতে মুংতারেঙপি সংথুপমু। উইতেতে মুচিংতেতে নাতেলু। ২ মা ১ ওই-সহা। নোংখাঙ কুপলকপনে থঙও।

অকোয়পা থপিয়ুমকি মচু ৭ মা থোকলকলে। অকোয়পা মহাকপু ২ ওইনা চুমিতাংকুম কায়রে। য়েংকিনা লাইনিংথৌ অতিংকোক গুরু

সিদপা ওইরে। ওইকিনা লাইরেমা তাউপিরোই নাই ওইয়ে।

তাউপিয়েল সললাই থায়পকি য়া হায়কে লাইনিংথৌ তাইপঙ-পানপকি মপুনা মুংকাং মাহারাপাকা তাওপিরোইনাইকা ২ মা পোকএ।

তাইপঙপানবা মপুনা অতিংকোকপু য়োমএ (পোকএ` অতিংকোকনা অমমপপু য়োমএ (পোকএ` অমমপা সিতপনা তাওপিরোই নাই কৌরপতা মুংমু তুমতা মাঙতাপা ওইনা তাওখৎলকলে। অতিংকোক গুরু সিতপনা মুঙমু অতুকি মথকতা নিংথৌ মহারাপা কৌনা য়াহিপ চাকচা ভমলে। মুঙমুকা তিননরপকি মুঙকাং মাহারাপা কৌএ।

৪। অতিংকোক গুরুকা তাওপিরোই নাইকা মুঙমু তুমতা মাঙতপা মথক্তা য়াহিপ তমতুনা ইশিং ওংখি পোকএ মহাকতি অসিবনে।

৫। মাহারাপাকা তাওপিরোই নাইকা মুংমু তুমতাপকা ইশিং মথক্তা তাওখৎলকএ মৈসা মুপি পোকএ মমিংদি কুলচিন তুথোকপানে।

তাওপিরোই নাইনা অসংপা, অরংপা, অরোংপা, অতোংপা, য়াইহৈচেং. আলাংপা, পিকাই, অঙাইপা, অকাইপা, অহুইপা, মোই-লাংলাই পোকএ।

৬। হৌজিক রায়ম অমা হায়কে, তাইপঙপানপা অসিবু নাও-য়োম ওইনা পুরিপতি তাইপঙপানপা মপুনা অতিংকোকপু য়োমএ (পোকএ)।

অতিংকোকনা অমমপপু য়োমএ পোকএ। (ব্যোম)

অমমপনা নোংসিৎপু য়োমএ। (মরুত)

নোসিংনা লৈচিনবু (মৈ) য়োমএ (তেজ)

লৈচিননা ইশিংবু য়োমএ (অপ)

ইশিংনা লৈপাকপু য়োমএ (ক্ষিতি)

৭। হৌচিক রায়ম অমা হায়কে অতিংকোক গুরুনা লৈপাক সেমনিংলকলে মচা অত্যা সিতপপু কৌথোকলতুনা নপাত্তি কনানো হংএ।

মচা অত্যা সিতপনা ইপাত্তি নঙনে হায়না খুমএ ।

তোনা নঙনা ইপাপু খঙলপত্তি ইপা অরিপা মহ.কনে, অসি খৈপিকসু নঙকিনে হায়না সিলনরপকা মচা অত্যা সিতপপু তোলনা নংনা লৈপাক সেমলুও হায়না সিল নারকএ । অসিপা কৌএ ।

অত্যা সিতপনা মহাকবি নিংসাবু সনা তাঙপল ওইনতুনা মথকতা কমলপকা মহাকবি নিংসা য়েংলমকি অসিপপু ও হায়না কৌথোকতুনা ইশিং তরং ওইনা তাঙথোকলে ।

নিংসা ওইরমকিসু কুলচিল তুথোকপা ইনথোকলে । অত্যা সিতপনা লৈপাকসিবু করম সেমসিপনো হায়না মুংপঙনা নিঙলিঙৈতা মবুকতা নিঙসিংলকলে ।

ঐনা তৌপা অসিত্তি ওইররোইএ । গুরুতুম তালকে নিঙলতুনা গুরু তালনা কাখিরে । অত্যা সিতপপু গুরুনা কতৌপা লাকপনো হংঙমএ ।

গুরুনা লৈপাক সেমও হায়পা অতুপু ঐপু হকনা মুংপঙলে । গুরুকি মসক উরবসু উত্তরপসু হকনা কিরে । গুরুকি নত্তিকপু খিচিকতা খঙনিঙএ । তাকপিও হায়না খুরুমচাএ ।

গুরুনা হায়এ, ঐকি ইতৌকপু খঙনিংলপত্তি য়েংও হায়তুনা ময়া কাথোকপকা মপুক মমুংতকি লৈপা খৈপিকপু অত্যা সিতপনা ওমনা উরপকা গুরুও হকনা কিরে খুমপিরো হায়তুনা গুরুনা খুমচিলপকা, অত্যা সিতপনা মপুক মমুংতা লৈপা অসি খিপিকপু লৌকে নিংতুনা গুরুকি মপুক মমুংতা হুনচিনখিরে ।

আ হাই হে হোইরৌ হোইরৌ হোইরৌ নাকেসেএ হোইরৌ অসি শকতুনা হোইথোকলে । অতুকি হোইরৌ কৌএ ।

হোইথোকলকপা অতুপু গুরুনা তারতুনা মপুক মমুংতা হলচিলনা য়েংপপু অত্যা সিতপমা লৈঙমপা অতু উরে । ইপুক মমুংতা লৈপা

অসিপু লৌকে তৌপোইএ হায়তুনা নিঙলে। ঐনা য়াশিত্তরপতি ফরয়োই হায়তুনা গুরু মহাক কুমপা অমপু গুরুকা মায়য়োকননা মমাঙতা ফমহনলে। অতুকা গুরুনা ময়া কাথোকপকা মপুক মমুংতা লৈপা অতু খৈপিক্লা গুরুকি মমাঙতা লৈপা অতুপু উরতুনা হিঃ ঐখোয়না খঙপা অসিপু নংতরে। গুরুতি অসিততুম লৈয়ে হায়তুনা ঙমনা থোকলকলে।

গুরু সিতপনা হাথোকলকপা অতু খৈপিকপু আ হাই হে হায়া হায়া হায়া হায়া হায়নাকেসে। অসিপু সকতুনা য়াঙমএ অতুকি হায়া কৌএ। অতিংকোক গুরুকি মমিংতি 'স হ হ স' কৌএ।

গুরুকি মপুক মমুংতা লৈপা অতু খিপিকনা হাথোকলকঙৈকি আসৈতি:-

৮। "হ হোই হা হা হা হোই হোই হাহা হা
হেরিল লিললা হেরিললা হেরিললা,
হায়ুতে খুলাইতে হৈয়া হে হৈয়া হে।
অতুপু থোইনা হারাওপা লৈপানেতা।
হৌ হে হৌ হায়া নাকেতা"।

হরাওনা থোকলকঙৈকী আসৈ সকনরকপতি অসিনে। গুরুকি মপুক মমুংতকি হোইথোকলকপা মহাকতি থরালপিচাক অপকমাকি মামুং খৈপিকনে। মামুং মহাকতি অত্যা সিতপনা য়োমলে। অত্যা সিতপনা লৈপাক অসিবু করম সেমসিপনো হায়না মুংপঙনা নিঙলিঙৈতা, মুঙপঙপা অতুপু গুরুনা উরতুনা অত্যাকি থম্মোই থজিনতা হুনচিন খিদুনা ঙাননা লৈরে। গুরুনা মপুক মমুংতকি অঙানবা অদু চিংথোক্‌না অমমপা মহাকপু খংঙাল ঙাল্লকলে।

---

# বেদগী নৈসেম্বা—তাইবঙ সেম্বা

২ সুবদা :—

বেদগী সৃষ্টী —

নাসদাসীন্নো সদাসীত্তদানীং নাসীদ্রজো নোব্যোমাপরাযৎ
কিমাবরীবঃ কুহকস্য শর্ম্মন্নম্ভঃ কিমাসীদ গহনং গভীরম্ । ১

অর্থ:— মতম অতুদা ওইদবসু লৈরমদে, অওইবসু লৈরমদে, তাইবঙ-পান লৈরমদে, অতিয়া লৈরমদে, মঙোন্দগী অতোপ্পসু লৈরমদে, কনাগুম্ববু মানা কুপসনখরে, হায়বসু লৈরমদে, কদাইদা কনাগী মুঙাইনবগীদমক সুক্কবা মপান নাইদবা ইশিং লৈরমগদগে লৈরমদে। ১

নমৃত্যুরাসীনমৃতং নরাত্র্যা অহ্ন আসীৎ প্রকেতঃ।
আণীদবাতং স্বধয়া তদেকং তস্মাদ্ধান্যন্ন পরঃ কিঞ্চনাস । ২

অর্থ মতমদুদা মাঙবা নাইবা তাইবং পান অসি লৈতে, মরমদুনা সিদবা মাংদবা পোংসু লৈরমদে, অহিং নুংথিল হায়বা খঙনবা খুদম লৈতে, সুপ্নগী মাগী মপাক্ননা মরম ওইদুনা নুংশিং নত্তনা মন্থংসা হোন্দুনা মশা খিংনা লৈরমই, মহাক নত্তনা করিগুম্বা মাগী মপান্দসু লৈরমদে। ২

বেদগী সৃষ্টী : —

তম আসীত্তমসা গূলহমগ্রে প্রকেতং সলিলং সর্বমাইদম।
তুচ্ছ্যেনাভ্‌বপিহিতং যাদাসীত্তপসস্তন্মহি নাজায়তৈ কম ।। ৩

অর্থ - অমম্বাতা ওইরমই, হৌগংলকপদা পুম্নমকসি অমম্বনা কুপ্নমই, খায়দোকপা লৈত্তবা ইশিংনা পুম্নমক অসি ওইরমই, মফম পুম্নমক্তা সিনথুংনা লৈবা ব্রহ্ম অসি মিথ্যা মায়ানা কুপশিনলমই, মতম অদুদা মরুদা অমম্বা ওইবা মানা তপকী মর্ত কনা ফোংদোকখি। ৩

৪ সুখদা ঃ–

কামস্তদগ্রেসমবর্তা ধিমনসোরেতঃ প্রথমং যদাসীৎ।

সতোবন্ধুমসতি নিরবিন্দন্‌হৃদি প্রতীষ্যা কবয়োমনীষা ।। ৪

অর্থ—মহাক্কী পুক্নিংদা অহুম্বা রেতঃ হায়বদি বীজ মরু অমা ওইখি মহুনা হৌগংপদা কাম হায়বদি তাইবঙ সেমবগী অহানবা হৌবা পাঙন ওইখি, জ্ঞানীসিংনা থম্মোইদা বিচার তৌহুনা বুদ্ধিনা মাহুবু খঙখি, মহুদি মাহুনা সং অমসুং অসং অনিগী অহানবা মরি লৈনবনি। ৪

তিরশ্চীনো বিততোরশ্মিরেষা মধঃ স্বিদাসীদুপরি স্বিদাসীৎ।

রেতোধা আসন্‌ মহিমান আসন্‌ স্বধা অবস্তাৎপ্রযতিঃ পরস্তাৎ। ৫

অর্থ—মঙান অহুনা মখোয়গী মরুংদা শন্নোকখি অহুদি মাহুনা মখাদা ওইবরা মথক মথক্তসু ওই, মহুনা মখোয়গী মরু পীবা ওই য়ামখোক্তুনা চাউখংলি, মাগী পাঙল অহুনা অসোমদা ওই, অমসুং মতীকনা অসোমদসু ওই। ৫

কো অদ্ধা বেদক ইহ প্রবোচৎ কুত আজাতা কুত ইয়ং বিসৃষ্টি ঃ

অর্বাগদেবা অস্য বিসর্জলনাথা কোবেদ যত আবভূব ।। ৬

অর্থ—অমুম্বা মখল মখা য়াম্নবা তাইবঙপান অসি মাহুদগী মাহুনা ওইরকপনি অমুম হায়বসি কনানা সংসংনা খঙই ? তাইবঙপান অসিদা মাসিবু কনানা য়াম্না হায়বা ঙমগনি ? লাই হায়বা অহুসু মখোয় অসি সেম্নবা তুংদা কোম্না ওইবনি, অহুনা মখোয় অসিগী থোরকপদি মাসিনি অসুম্না কনানা খঙগনি ? ৬।

ইয়ং বিসৃষ্টীর্যত আনভূব যদি বাদধে যদিবান।

যোঅস্যাধ্যক্ষঃ পরমে ব্যোমন্‌ সো অঙ্গবেদ যদিবা নবেদ ।। ৭

অর্থ—অসিগুম্বা উরিবা তাইবঙপান অসিনা মঙোন্দগী ওইরকপা মহাক্না পুম্নমকসি পুরিবনি, মানা পুদবসু য়াই, মহাক্না তাইবঙ পুম্নসিগী মপু ওইহুনা অখোইবা অতিয়াদা লৈবা মহাক্না হে জীব পুম্নসি খঙই, খঙদবসু য়াই। ৭

বেদগী সৃষ্টিগী অসম্বা মরোন্দি—করিগুম্বা অমত্তা লৈরমদে, মতমতুদা মাতদি লৈ, মহাক্তি মাতগী মপাঙ্গলনা লৈবনা—মাদি ব্রহ্মনি—অতিংকোকনি, অমম্বমক্তা ওইরমই ; মথায় লৈতবা লাইজা ওই, ব্রহ্ম ( অতিংকোক্তী ) অতুগী ময়াম ওইরগে অসুম নিংবা পুকনিং অতুদগী পুন্নমকসি ওইখি, তাইবঙপাল অসি থোক্লবা তুংদা লাইনা কোম্না থোরকপনি, অতুনা লাইনসু মাবু হানবা অসিগী থোরকপা ওইরকপা অতু খঙহৌদে, অতুনা কনানসু তাইবংশেম্বা অসি মসুম্না ওইরকই, হায়বা অসিবু কনা অমত্তনসু মসিদগী হেন্না শন্দোকনা হায়বা ঙমদে অমসুং খঙদে, তাইবঙ পুন্নমকসি মপু মাবু মৈতৈরোন্দা অতিংকোক গুরুসিদবা কোবা মাতনা খঙই, মাতনা পুন্নমকসি পুহনা লৈ ; মাহবু ঐখোয়না সংসংনা হায়বা ঙমদে, খঙকম থোকলগা মানা খঙগনি, অতৈনদি কনানসু খঙকম থোক্তে। অসুম্না ঐখোয়না মৈতৈগী তাইবঙসেম্বা, লৈশেম্বা মতাংগা বেদগী মতাংদা লৈশেম্বা তাইবঙশেম্বগী হায়বগা মান্নে হায়না উরি।

---

# মণিপুরি জাতি

৩ সুবদা মীওইবা জাতিনা অহানবা পোকফম, মখোয়না হিংনবগী চিঙ্গাক কদাইদগী ফংবগে ? মখোয়না অহানবদা কদাইদা লৈরম্বগে ? মতৌ করম্না তোঙান তোঙানবা জাৎ থায়খিবগে ? মণিপুরী জাতিদি করম্বা বংশনো ? অসিনচিংবগী ময়োনগা বেদগী ময়োনগা আন্নানি মহুদি : মথক্তসু শন্দোক্না হায়খ্রে :—

মৈতৈগী পুরান লৈখক লৈখারোনদা অসুম্না ইরি— তাইপঙপানপা মপুনে, অতিংকোকনে, অমমপনে লাই অহুমনা সনচিঙকি ময়ায়তা তাইপঙপানপা অসিপু সেমকে হায়তুনা রা তানরে .... ....

হেরে মকে .... .... ২ মা ১ ওই সাহা। নোংথাঙ– কুপললকলপনে। অকোয়পা থাপিয়ুমকি মচু ৭ মা থোকলকলে; অকোয়পা মহাক ১ ওইনা চুমিতাং কুম কাররে। য়েংকিনা লাইনিংথৌ ওইরে। ওইকিনা লাইরেমা ওইরে।

অতিংকোক্কা অমম্পা তাওপিরোইনাইগা তিন্নবদগী অতিয়া পোকএ। অসুম্না ময়াম অমা পোকএ। অসুম্না মীওইবগী অহানবা পোকফমদি সনচিঙদনি। হৌজিক চুক ৪ মা খায়থৎপকি রা হায়কে-চুকতি তাইবঙপানপা মপুনে। তাইবঙপানপা শেমলকউকি চুক অমনে।

২ সুবা চুকতি, লাই সুরা—লাই পাখংনা সনচিঙকি নাকপাক্তকি তুথানকপা চাই, মচুম লৈরৌপনা চাতুম পাললে।

চাতুম চাপা চুকতা পানপা নিংথৌতি, নিংথৌ কাংপা, লৈমা তালিসু অনিনে। মখোয়না মচা ৯ পোকএ। মখোয়দগী অতৈ জাতিসু থোকখিয়ে। চাতুম পালহৌফমতি চাসৌপুঙনে। য়ুসৌপুঙ, সাসৌপুঙ, থুরাই লৌফমরেলতা পালএ।

৩সুবা চুক. চেঙ চাপা চুকতা পালপা নিংথৌতি নিংথৌ তালি; লৈমা তালিসু সাককপা রানকাপা, কক্সু তোনকোলপা, লৈমা উলুম খোচানপী; কোঙকোই, তৈমা, য়াংমা, তেসোরোং, উরেনখুপা; উরেন হনপা, লাংপা—খাপি,—ইলেম, তুমা লৈপা অয়ামপা অসিনা চেঙ চাই। চেঙনা ফৌ পোকএ।

৪সুবা চুক:—ফৌ চাবা চুকতা পালপতি– পাখংপা, লাইসনা, সাককরালপা, ককসুতোনপা,– পোইরৈতোন, লৈনাউতাপী, পোই-রৈতোনগা লোয়নরকপা খিবিকসু পাখংবগা লৈঙমপা খেপিকসু—হৌজিক অসি ফৌ–চাইএ।

মখোয়সিনা অহানবদা সনচিঙদা লৈরমই; —অতুদগী অত্যা গুরু অমসুং লৈমরেন্না চিংবা কাঙবু খরা পোইরক্তুনা মণিপুর লৈবাকসিদা থুন্দারৈ; অতুগীদমক মনিপুরবু পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক হায়না কৌনরি।

অমুম্না অত্যা গুরু অমসুং কোনচিম তুথোকপা অসিনচিংবদগী মথোয়গী মচা মগুসিংছু কাঙলুপ ৭ থোক্লা খায়রমই ; মতুংদা কাঙলুপ ৭ থোক্লা খায়রমই ; মতুংদা কাঙলুপ ৭ অছু য়েক সালাই ৭ হায়না খায়দোকখি। য়েক সলাই ৭। ৯ থোক্লা খায়বদি ; মপা মপু অমত্তা ওইরবসু মাগী মাগী পুক্লিং ; শাজং ; মওং মতৌ ; মচু নিয়ম মান্নদবগী মতুংইন্না খায়খিবনি। মীশিং য়াম্লকবদা লৈবাক শাসন তৌবা খুদোং চানবা অমগা অমগা লৌনা লৈনবা খুদোং চানবগীসু খায়দোকপনি।

মীওইবা জাতিনা অহানবা পোকফম, মথোয়না কদাইদগী চিঙ্গাক ফংবগে অমসুং অহানবদা কদায়দা লৈরম্বগে হায়বগী মরমদা বেদনা হায়রি :

তে বিশ্ব সরস্বতি শ্রিতয়ু*।সি দেব্যাম।

ঋগ্‌ ২। ৪১। ১৮।

মীওইবা জাতিগী আর্য্য কৌবা মীনা ইহান হানবা সরস্বতি তুরেনগী লৈবাক্তা ওইখি।

উত্তক্ষিতিজোযবনী রবন্দি ! ঋগ্‌ ৬। ৬১। ৩

অহানবা মীসিং অছুগী হিংনবা ইশিং বিষম ঋগ্‌ ৬। ৬১। ৩ মমাগী অমৃত যনগী মথোমগুম্না ইশিংনা অহানবা পোকপা মীসিংছুবু য়োকপিখি।

পয়সা ঋগ্‌ ৬। ৬১। ৪১ মরম অসিনা মাবু সরস্বতিবু বেদনা (ঋগ্‌ ২। ৪১। ১৬) মীওইবগী অথোয়বা মমানি হায়তুনা "অম্বতমে" তুরেন অথোইবীনি হায়তুনা "নদীতমে" অমসুং লাইরেমা অথোইবীনি হায়তুনা "দেবীতমে" হায়তা কোই।

সরস্বত্যভি নো নেষি বস্যো মাপস্ফুরী : পয়সা মান আধক্‌।

জুষস্ব ন : সখ্যা বেশ্যাচ মাত্বক্ষেত্রান্যরনানি গন্ম ॥

ঋগ্‌ ৬। ৫। ৬১।

সরস্বতী ! ঐখোয়বু অথোইবা লম্নচিংবা পীদুনা চানবিয়ু, নংগী অমৃতগুম্ব ইশিংনা ঐখোয়গী ফত্তনবা থোকহনবিগন্নু, ঐখোয়বু ননাক্তগী থাদোক্তনা থম্বীদুনা ঐখোয়গী অচানবা অমস্তুং নংগী নতুং ইনজবা অসি লৌবিয়ু, নঙোন্দগী অতোপ্পা ফত্তবা মফমদা চৎহনবিগন্নু । অস্তুন্না হায়রি ।

সব্ব'ম একস্মাৎ জাতম ঋগ্ ৩ | ৫৪ | ৯

মীওইবা ঐখোয়সি পুম্নমক মফম অমত্তদা পোকমিন্নখি । অদুগা তোঙান তোঙান লৈনখিবনি হায়রি

সাকম জানাম সপ্তমম আহুরেকম যট ইৎ সমাঃ ঋষয়ঃ

দেবজা ইতি তেষাম ইষ্টানি বিহিতানি ধামশঃ

স্থত্রে রেজন্তে বিকৃতানি রূপশঃ ॥ ঋগ, ১ | ১৬৪ | ১৬

মফম অমত্তদা পোকমিন্নবশিংগী মতুংদা তরেৎস্তুবা অদুস্তু মরু অহানবদগী থোরকপনি মখোয় অতুগী মরক্তা তরুকনা নিয়ম তৌবা, মন্ত্র উবা অমস্তুং লাইনা পোকপনি, মখোয় অতুগী লৈননবগীদমক মফম ময়ামদা লৈফম সেমখি । লৈফম তিন্নদবনা মখোয়গী মওং মতৌ শক্তা চুদা অমস্তুং মরোন তিন্নখিদে । অস্তুন্না হায়রি । অতুগা মখোয়সি মাস্তুন্না হায়রি ঋগ, ৩ । ৪ । ৮ অমস্তুং ৩ । ৭ । ৮ দস্তু পৃথিবীগী ময়ায় ওইবা চীং ওাক্তা ওাইবা লমদা আর্য্যসিংনা অহানবদা লৈরমই, মতুদগী তমদা মাগী মাগী মুঙাইগদবা থিদুনা থুন্দাবা চৎনরকই ।

অমস্তু আর্য্য জাতিনা অহানবদা লৈরম্বা মফমদি বেদনা হায়রি, মখোয়দি অহানবদা চীংদা লৈরম্বনি, মসি বামদেব ঋষিনা মৈগী মমাওদা পুব্ব' পুরুষসিংনা অহানবদা চীংদা লৈ অস্তুন্না বেদগী মন্ত্র হায়খি ।

অশ্মাব্রজাঃ সুদুঘা বব্রে অন্তরুদ্রুশ্রা ।

আজন্ মুষসো হুবানঃ । ঋগ্ ৪ । ১ । ১৩ ।

অর্থ--মখোয়না চীংনা কোয়শিনবা মফমদগী মখোম থোকপি মগবীসিংগা লোয়ননা চীংদগী কুমথদুনা মপান্দা থোরকই ।

ত্তেমর্মৃত্ত দত্রিবসস ঃ আত্রিম চেযাম অন্যে অভিত ঃ বিবোবন ।
পশ্বাবস্রাম ঃ অভিকারং অর্চনবিন্দন্তঃ জ্যোতিশ্চ কৃপন্তঃ দীডিঃ ।
ঋগ্ ৪ । ১ । ১৪ ।

অর্থ—মখোয়হু বুদ্ধি য়াম্না শেংই, চীং লৈপাক্কুগী মপান থোরকই মখোয়না লাঙ্গোম্নচিংবা খুংলাই পুরকই, মখুং মশা কৈবসু সুনা তৌই, মখোয়হু জ্ঞান লৈ ১সুং থৌজানবিহৈ ।

তা যজ্ঞমা শুচিভিশ্চচক্রমানা রথস্য ভান্নুঃ রুরুচুবজোভিঃ ।
পুরুবরাং স্যমিতামিমানাপো ধন্বা ন্যতি যাথো অপ্রান্ ।
ঋগ্ ৬ । ৬২ । ২ ।

হে আশ্বি অনি । ইশিং ফংননবগীদমক ঐখোয়গী সগোনবু মরুভূমি লানথোকনা চঙহনবিয়ু । অসুম্না তোঙান তোঙানবা মফমদা লৈনথিবনা মশক মওং ; লমচং রাহৈ ; মরোন তোঙানবা ওইথি ।

---

# মণিপুরী জাতি—গুরু ৩ ।

মনিপুরী জাতিদি—সূর্য্যবংশি ক্ষেত্রিনি । মবমদি মখোয়সি গুরু অহুমগী মচা মশু ডাকনি । গুরু ৩ কৌবদি মঙাং, লুৱাং অমসুং খুমন অসুম্না কৌই । মখোয ৩ অসিবু মঙাং গুরু ; লুৱাং গুরু ; খুমন গুরু, অসুম্না থঙনৈ । লাইরোন্দা হায়রগা—মঙাং গুরুনা কোনজিন তুখোকপা পাথংবা ; লুবাং গুরুনা অসিদ্ধা সনামহি ; খুমন গুরুনা অত্তিয়া সিদবা অসুম্না থঙনৈ ।

থাঙ্গেশেংবদি. মৈতৈ পুবাণগী গুরু ৩ হায়বসি, সুপ্নগী সুমিত্তবু হায়বনি, মবমদি—সুমিংনা তঙাং তঙাং থোরকপা, মঙালগী মশক ওইবা সুমিংপু মঙাং, সুমিংনা অরাংবদা, কোকতোন মপাগী অত্যাদা লৈববু, লুৱাং ; অমসুং সুমিংনা তারক্লবা, খোংমুং চংলবা সুমিংপু খুমন হায়না

কৌবনি। মরম অসিদগী, মণিপুরী জাতিদি; গুরু ও অসিগী মচা মশু ওইবা মরম্না সুর্য্যবংশ ক্ষেত্রি থাঙ্গেশেংবনি। মসিগী মথাগী বেদগী মরোন ভারতকী সূর্যবংশ, চন্দ্রবংশগী মরোনগা মান্নৈ মতুদি:-

---

## ঋগ বেদনা হায়

দ্যৌর্বঃ পিতা পৃথিবী মাতা সোমো ভ্রাতাদিতিঃ স্বসা
অদৃষ্টা-বিশ্ব দৃষ্টাচ তিষ্ঠতে লয়তাশুকমা

বেদগী মন্ত্রসিনা হায়রি হে জীবসা দ্যু অতিয়ানা নখোয়গী ইপানি পৃথিবীনা নৈমরেম্না ইমানি, থানা ইচিন ইনাউনি। দিতিনা ইচেনি, অমুম্না হায়রি। মসিগী অর্থদি অতিয়ানা হায়বদি অতিয়াদা থোকইবা মুনিংনা ইশিং পীরগা লৈপাক্তা ইশিংডু তারগা লৈবাকনা গর্ভ পুবগা চিঙ্গাক ওইনা পোকই, জীবগী হকচাং অসিদি চিঙ্গাক অতুনা ওনবনি অতুনা ইশিং—বীর্য্য-পীবা দ্যু অতিয়ানা ইপানি পৃথিবীনা ইমানি হায়বনি।

অমুম্না বেদগী ভাব অসি গৌতুনা ব্যাসনা মহাভারত পুরাণদা, সুর্য্যবংশ, চন্দ্রবংশনচিংব ক্ষত্রিবংশ পুম্নমক পোকই হায়রি—খুদম:-

দিবপুত্রো বৃহদ্ভানুশ্চ ক্ষুরাত্মবিভাবসুঃ।
সবিতা সঋচ কোহর্কোভানুরাশাবহোরথিঃ॥ ১
পুত্রাবিবস্বতঃ সর্ব্বে মহ্যস্তেসাং তথাবয়ঃ।
দেবভ্রাট্ তনয়স্য সুভ্রাড়িতি ততঃ স্মৃতঃ। ২
সুভ্রাজস্ত এয়ঃ পুত্রা; প্রজাবন্তোবহুশ্রুতাঃ।
দশজোতিঃ শতজ্যোতিঃ সহস্রজ্যোতিরেবচ॥ ৩
দশপত্রসহস্রানি দশ জ্যোতি র্মহাত্মনঃ।
ততো দশগুণাশ্চান্যে শতজ্যোতির্মহাত্মজাঃ॥ ৪

ভূয়স্ততো দশাগুণঃ সহস্রজ্যোষিঃ সুতাঃ।
তেজোহয়ং কুরুবংশশ্চ যদুনাং ভরতস্যচ। ৫
যযাতীক্ষা কুবংয়শ্চ রাজর্ষীণাঞ্চ সৰ্ব্বশঃ।
সম্ভূতা বহবোবংশা ভূতসর্গাঃ সুবিস্তরাঃ॥ ৬

অর্থঃ—ত্যাগী (অতিয়াগী) মচা বৃহদ; ভানু, চক্ষু, আত্ম, বিভাবসু, সবিতা, ঋচক, অর্ক, ভানু, আশাবহ, রবি, বিবশ্বান্‌গী (মুমিংকী) মচাসিংগী মবক্তা মহানা অতোম্বনি। মহ্যনা দেবভ্রাট্‌ মানা সুভ্রাট্‌; সুভ্রাটনা মচা ৩ পোকই; মথোয়দুদি দশজ্যোতি, শতজ্যোতি অমসুং সহস্রজ্যোতি কৌরা অহুমসি পোকই। মথোয় ৩ অদুনা অমুক-

দশজ্যোতিনা মচা ১০,০০০ পোকই।
শতজ্যোতিনা „ ১০০,০০০ „
সহস্রজ্যোতিনা „ ১,০০০,০০০ „

অসুম্না মচাশিংসিদগী সুর্য্যবংশ, চন্দ্রবশং, অতৈ অতোপ্পা ক্ষত্রিবংশ পুম্নমক সম্ভোকখি। হায়বদি অসুপ যাম্না জীবপুম্বসি মুমিংকী মতানতনা পোকপনি, হায়বা বেদগী ম্নাহৈদ্র লৌদুনা সেম্বনি, সুর্য্যনা (মুমিংনা) মনু পোকই, মনুনা ইক্ষ্বাকু পোক্না মাগী সুর্য্যগী পিবাগী ধারানা সুর্য্যবংশ ওই অদুগ. ইক্ষ্বাকুনা মচা মুপী ইড়া পোকই, ইড়ানা পুরোরবা, মানা অয়ু, মানা নহুষ, নহুষনা যযাতি, মানা পুরু, মথাদা ভরত, কুরু, দিলীপ, শান্তনু অসুম্না চন্দ্রবংশ ওইখি। অদুনা ক্ষত্রিপুম্বসি মুমিত্তুদগী শম্নোকখিবনি।

---

# ২সুবা মতাং—মণিপুরী জাতি।

থায়না মমাংঙৈদা,...আর্য্যশিংনা অহানবা লৈফমদগী কাঙবু কাংবু, মুডাইবা, খুদোংচাবা লৈফম খিবা চংখোরকই। মথোয়দুগী কাঙবু থম্না, হৌজিকী হিমালয় চীংগী অরাং থংবকোমদা লাক্নুনা

চীনাগী লমদম লাল্লগা, বর্ম্মাদেশ ফাওত্না মণিপুর লৈবাক য়ৌরকই।

মখোয়দুনা কোয়না লম থিরকপদা, তাইবং মী তাদবা ককই ইরা থাংবা লম অমগী মনুংদা, অকংবা, অতোঙবা, লম থরা ফংদুনা মদুদা লাকুনা খুনশেমদুনা য়ুম পানবা হৌখি।

অকংবা, অতোঙবা লমদা নৌনা লাকুনা খুন্দাবা য়ুমপানবা হৌই হায়বগী লমদম অসিবু কংলৈপুঙ ময়োন হায়না কৌই। (কংলৈ খুনথোক খুনশেম্বা পুয়া)। লাকসু লাক্রে, কংসু কংলে হায়বগী কংলা কৌই। (পাখংবা লমলেন পুয়া)।

গুরুনা শায়োনবা মন য়োংমানবী অশিবগী মউন অদু থোক্লগা মফমসিদা ফৌবদা কংই হায়বগী কংলা কৌনৈ। কংলৈ, কংলা রাহে অঙ্গানি। কং—অকংবা। লৈ, লা—লৈবাক। মমৈদা গুরুনা ওনবা মণগী মউন কংনবা ফৌবা মফমবু কংলা কৌই হায়বনি। অতোপ্পা অমনা কংলাদা নিংথৌ ফম্বান তেংফম শুইনবতনি। অমনা কং=পাখংবা, লৈ,লা—লৈমরেন। অনিগী লৈফমনি হায়বগী কংলা কৌই।

পুঙ = লৈতোঙ, অতোঙবা লম। ময়োম্-ময়ামগী মনুংদগী, মরক্তগী ময়ায় মরু ওইবা পোৎ, মফম। ময়োন-মশা, মউ, নত্রগা মশা মরেংদগী নৌনা চোংখংলকপা, চোংথোরকপা অনৌবা থোরকপা য়েংন্নিং, জীবা, মী অমদি নৌনা থোক্লকপা মী।

অদুনা কংলৈপুঙময়োন হায়বা মিং অসিগী মশানা তাকচবা অর্থদি নৌনা লাকপা, অকংবা লমদা খুন্দারবা মীগী লৈফম হায়বনি।

হায়রিবা কাঙবুসি, মৈতৈ পুরান্দা, অতিংবোক গুরুনা, লৈসেম্বা মতুংদা মচা অত্যা অমসুং লৈমরেন সিদবীবু য়ুমপাল্লোন হৌদোক্লবা হায়বদা মখোয় অনিনা চিংদুনা, কাঙবু থরা মণিপুরসিদা লাক্লগা খুন্দাবা, য়ুমপানবা হৌদোকখি হায়রিবা অদুনি। মখোয়গী লুচিংবা অত্যা গুরুনা খুনথোরকপসি; মুপী অমসুং শগোল্লচিংবা লোয়নরকই হায়বসি মৈতৈ পুরানগী লাই হরাউবাগী ইশৈনা তশেংনা তাকই. মদুদি :—

সংজ্ঞাল




অঙৌবা সগোন তোংবরা ?
নিংথৌরেলগী শগোলদি,
মমৈ গে গে লাঙবনি,
অঙৌবা শগোন তোংবরা ?

হায়রিবা কাঙবুসিনা লাকপদা, মনিপুর লৈবাকসিদা অতোপ্পা মী জাৎ লৈরমদে ; অরমদে । কংলৈ খুনথোক খুনশেম্বা পুয়া ।। মখোয়না লাক্লগা মফমসিদা মখোয়না মখোয়গী লুচিংবা অত্যা গুরু সিদবু নিংথৌ ওইনা খল্লুনা হাপ্লগা লৈপাক নিংথৌ পানবা হৌবকই । মৈতৈ পুরাল্লা হায় মনিপুর লৈপাক্কী অহানবা নিংথৌদি অত্যা গুরুনি । মফাল্লা নিংথৌ ওইববদা,—কংলৈ পুওয়োন অসিগী মাথগে ঙাকপা নিপান হাপই:- -

১ । অয়াংদা—উকোংলেন
২ । অরাং নোংচুপ ( কৌব্র দা ) চেংঙা
৩ । নোংচুপ্পা —কোংতিংলেন
৪ । খা নোংচুপ্পা –( মোইরাং লাইচি )— খুহা
৫ । খাদা—থোঙাইবা
৬ । খা নোংপোক্কা ( মৈরম ) যুচেং
৭ । নোংপোক্কা – অঙাইবা
৮ । নোংপোক চীংখৈদা—থল্লাই ।

মথক্কী পুরাণগী রায়ম অসিনা, আর্য্যসিংনা লাকপদা মুপী নহা লোয়নরকপা, লৈবাকসিদা হাল্লা অতোপ্পা জাৎকী মী লৈবমদবগা, মনিপুরী জাতিদি আর্য্যজাতিগী ঈ অশেংবা মচা মগুনি, অতৈ জাতিগা চারো মৌরোল্লতুনা পোকপা মুকসন নত্তে হায়বসি তশেংনা তাকই ।

মৈতৈ পুরাল্লা হায়রি, লৈবাক অসি অত্যা গুরুনা শেম্বনি, মানা লৈবাকসিগী অহানবা নিংথৌনি, সনামহি অমসুং কোনজম তুথোকপা পাখংবা কৌবা অনিদগী মচা মগুসিংনা লৈবাকসিদা নিংথৌ প্রজা ওইনা পাল্লকপদগী ত্রেতাযুগতা তাঙজা লীলা পাখংবা

( কোনসৌরেন ), মচা সেন্দ্রেং কুপাত্রেং অনিনা পাল্লনা মতুংদা. ত্রেতা যুগ লোইরমদাইদা, লৈবাকসিগী অন্নাং নোংচুপলোমগী চীং নিংথায়ত্থনা, ইশিংনা মণিপুর তম্পাক্তা চেনশিন্দুনা লৈবাকসি লৈত্তাক খুন্তাকখি। অরৈবা মীপুম্বা মাগী মাগী মায়গৈদা লৈবা চীং মান্দা চেন্দুনা লৈনখি। মতমসিদা ত্রেতা যুগ লোইত্থনা দ্বাপর যুগ হৌরে। দ্বাপর যুগকী অহানবসিদা অত্যাগুরুগী মচা মগু ওইবা, নোংপোক নিংথৌ ঈপুবা পাঙ্গনবা কৌবনা, মথা থংবদা লৈবা চীং ছুংত্থনা ঈশিং চিথরগা, লৈবাকসি অমুক হন্না শেমত্থনা লাইয়ামগা লোয়ননা লাই হারাউবা লীলাসি অমুক হন্না হৌদোক্তুনা শান্নখি।

অমুম্না দ্বাপর যুগ হৌগংলকপদা লৈবাকসি আনন্ত কৌবা মতীক মগুণ লৈবা পাথংবগী ধারা অমনা নিংথৌ ওইরে। মানা পানবা মতমদা লৈবাকসিগী মায়গৈ ৮ দা, মায়কৈ ঙাকপা নিপাল হাপই : অত্থুগা মখোয়গা লোয়নবসিংত্থনা হৌজিক অসিদা চীংগী কাঙবু ওইনা খঙনরি, অত্থুগা মাযগৈ ঙাকপা উমং লাইসিংনা হৌজিকসিদা উমংলাই হায়না খঙনরি, মায়গৈ ঙাকপা উমং লাইসিং অমসুং মখোয়গা লোয়নরিবা চীংমীসিংসি অতোপ্পা জাতি নত্তে, অত্যা গুরুগী মচা মগু ঙাকনি, মরমদি মমাংঙৈদগী হৌনা মনিপুর লৈবাকসিদা অতোপ্পা মী জাৎ লৈরমদে, অত্যা গুরুগী মচা মগুসিংনা লৈরকপনি, মমৈদা ইশিং চাউরকপদা চীং মান্দা চেন্নখিবা প্রজাসিংত্থনি। অত্থুগা উমং লাইসিংসি মৈতৈ জাতিগী মতম অত্থুগী অফাওবা, থুকন পাঙ্গনবা মীশিংনি, মখোয়বু মণিপুরী জাতিনা থোইদোপা নিংথৌ ফাওবনা, উমংলাইসিংসিবু হৌজিক ফাওবদা ইন্নাৎ পূজা তৌনা নিংনরি। মতমগী মতুংইন্না মাগী মাগী মায়গৈদা চেন্নখিবা প্রজাসিংত্থু মাগী মাগী লোয়নবা ওইনা লৈখিবনি, মফম মতমগী মতুংইন্না মওং মতৌ লীচৎ শাজৎ খেন্নখিবনি। মরোন অকুপ্পা য়েক সালাই খায়রবগী মতাংদা কুপ্পা য়াওরকনি। মরম অত্থনা মণিপুরদা হৌজিক চীংমী

হায়না খুণ্ডনরিবসিংসি থাঙ্গলেংবা আর্য জাতিগী মচা মশুশিংনি অংতাপ্পা জাং মস্তে। দ্বাপুর যুক্তা আনম্ভনা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা মণিপুর লৈবাক্ত মায়কৈ ঙাকপা অমসুং মখোয়গা লোয়নবদি মথাদা লিসিংলি

১। অরাংদা-মার্জিং, মাগা লোয়নবসিংনা মাণ্ড, মরাম।

২। চী খৈদ,-চাংখৈ নিংথৌ, লোয়নবসিনা তাংখুল

৩। নোংপোক্ত্তা –নোংপোক নিংথৌ, হাওগ সরারেন মাগা লোয়নবনা মরিংগী জাং।

৪। মেরমদা —ইরুমনিংথৌ, লোয়নবনা মরিং।

৫। থাদা খাংবেরণ, মাগা লোয়নবনা কুকি, খোংজাইগী জাং।

৬। সনথোংদা থাংজিং, মাগা লোয়নবা কোইরেং জাং।

৭। নোংচুপ্তা—লোয়রাকপা, লোয়নবা চিক জাং।

৮। কৌব্রুদা—কৌব্রু, মাগী লোয়বনা কবুই।

থায়না সমাংডে সত্যযুগ লোইরমদাইদগী মণিপুর লৈবাকসি কাণ্ডলুপ ৭ থোকনা থায়হনা, কাণ্ডলুপ লুচিংবা অমমম হাগুনা পাল্লকই। অমুম্বা নোংদা লাইবেন পাখংবগী মনাং ফাওবা কাণ্ডলুপ ৭ থোক্লা থায়রমই, মখোয়হৃদি।

১। সরাং -লৈশাংথেম ২। হাওরোক-কোনথৌ

৩। থাঙ্গা-কম্বোং ৪। খুনফম-ঙাংজেং

৫। হাওখা-লোকখা ৬। হৈরেম-খুনজান

৭। নিঙোন-লাইতোন।

মণিপুর লৈবাক্তা অহানবা নিংথৌদি পাখংবনি, মাগী সাগৈবু মঙাং কৌই, মমৈদা নিংথৌজা হায়না খুণ্ডনবনি। মঙাংদগী অঙোম সাগৈ থাইদোকখি।

অতুদগী মথং মথং থাবা, লুরাং, মোইরাং অমসুং খুমন হায়না য়েক ৭ থোক্লা থায়দোকখি। নোংদা লাইরেন পাখংবনা পানবদগীদি,

(খ: ৩৩-১৫৪ ), মমাংঙৈগী কাঙলুপ ৭ অচুগী মচুঙ্গা, য়েক ৭, অফুংগা সাগং, নৈশাংথেম সলাই ১গা থানা সলাই ৯ অম্নুম্না খঙনম্রে।

মমাংঙৈদগী হৌনা মনিপুর লৈবাকসি নিংথৌরেন অমগী মখাদা লৈরকই। মতুংদা চীং অমস্তুং তমগী লমসি শরুক কয়ামরুম থোক্না থায়রগা লুচিংবা অমমমগী মখাদা থমই, মখোয়দুদি।

১। অরাং নোংপোক থংবা শরুক্তা, কোংবা মরুপগী পুখাও মনাক চন্সৌ য়ৌবা ফাওবনা অঙোম নিংথৌগী লম ওইরমই।

২। অরাং নোংচুপ থংবা লাংজিংদগী লমফেল অচুদগী কৌব্র, চীংথোং ফাওবগী লম্না লুবা নিংথৌগী লমনি

৩। মথা নোংচুপ্তা, লাংজীং মোইরাং হনুবদগী নোংচুপ চীংয়া মশাংদগী মোইবাং মখাগী চীং ফাওবনা মোইবাং নিংথৌগী লমনি।

৪। মথা নোংপোক্কী– মাইবম লোকপচীংদগী পূরলেন পাং . ইমফাল তুরেনগী নোংপোক থংবা মশাং লাক্কুনা ময়াংইম্ফাল, অচুদগী নোংপোকলোমদা থৌবান তুরেনগী নোংপোক খা থংবা লম লাক্কুনা অন্দ্র, মোইরাংপ্রেম য়ৌবা অসিনা খুমনগী লমনি।

৫। হায়রিবা অসিদগী লেমহৌবা, ময়ায় থংবা শরুক, ইরিল ; ইম্ফাল তুরন ; নম্বুল তুরেন ; থৌবান তুরেনা কোনবা লম, নোংমাইজিং মখোংদগীনা লমফেল পাং ফাওবদা লৈরিবা লমনা মরু ওইনা মঙাং নিংথৌজা, খাবা, ঙানবা, অমস্তুং চেংলৈ সালাইগী লমনি। খাবা ঙানবা অমস্তুং চেংলৈ সালাইসি মুংশ্রে অতৈ সালাইদা তিনশ্রে। হায়রিবা লমসি মরু ওইনা মঙাং অমদি মৈতৈ নিংথৌগী লম ওইশ্রে। নোংদা লাইরেন পাখংবনা পানবা মতমদা মহাকপু মৈত্রবাক্কী নিংথৌরেম্নি হায়না য়ানখি ; মহাক্না তমগী লমদা মখাগী মীসিংসি নিংথৌ হাপই—

১। পুরৈরোম্বা ইঙৌপানববু অঙোম শাগৈগী নিংথৌ ওইনা হাপ্লগা কোংবদা নিাথৌ কোম্বুং ওইনা পালহল্লি।

২। লৈশমস্তাগী লুয়াং সালাইগী নিংথৌ হাপই মাবু লমকেন্দ সনাই ইন্থালদা কোন্থুং ওইনা পালহল্লি।

৩। নোংদমখুম্বু খুমন য়েকী নিংথৌ হাপুন্না মাবু পুমকেন্দা কোন্থুং ওইনা থমই।

৪। ভরুংখুক কৌবা নিপা অমম্ মোইরাং সালাইগী নিংথৌ লাম্লপা মোইবাং কংলাদা নিংথৌ ওইনা পালহল্লি।

৫। তৌরিনথাম্ থাবা সালাইগী নিংথৌ হাপই। মাবু লৈশাং-খোংদা থমই।

৬। তুমহাবম্ ঙানবা সলাইগী নিংথৌ হাপ্লগা লৈত্তাং লাইরমদা থমই।

অদুগা চীং অকোয়বগী লমদনা মথাগী চীংমীসিংবু লৈবাক ঙাকহল্লি।

১। মতৌ অম্বুম্না, অরাংলোমদা, মাও, মরাম, অঙ্গামি লুচিংব-শিংনা মায়গৈ অদোমগী চীংদা মকোক ওইনা থমই।

২। অরাং নোংপোক্তা তাংখুনগী জাং লুচিংবা কয়ানা মায়গৈ অদোমগী চীংদা মকোক ওইনা থমই

৩ নোংপোক অমসুং খা নোংপোক্তা মরিং, চিরু অমসুং অনান লুচিংবসিংবু লৈবাক ঙাকহন্দুনা থমই।

৪। খা অমসুং খা নোংচুপ্তা কুকি, খাংজাই লুচিংবশিংবু লৈবাক ঙাকহন্দুনা থমই।

৫। নোংচুপ অমসুং অরাং নোংচুপ্তা কবুই লুচিংবশিংনা মায়গৈ পুম্বা ঙাকহল্লি।

মমাংঙৈদা মনিপুর লৈবাকসি চীংনা কোয়না পনশাবা লাইনা কোয়না পনঙাকপা হায়রম্বদগী, নোংদা লাইরেন পাখংবনা পানবা মতম খৃঃ ৩৩ দগীদি মনিপুর লৈবাকসি চীংনা কোয়না পনশাবা, হাওনা কোয়না পনঙাকপা হায়না শৈশরুখি। অদুগা মৈতৈ অরিবা Meitei Arywa হায়না হৌজিক খঙনরিবা চকপা অম্রু, সেকমাই-

নচিংবসি, অশেংবা আর্য্য জাতিগী মচা মশু মৈতৈ অশেংবনি। মরমদি মখোয়সি গৌতিক কাওবা পুরান পুয়াগী মতুংইন্না হৌনবী চঙ্না লৈরি, মরু ওইবা পুরান পুয়া কয়াস্ম খঙহ্ননা, অনৌবা ধর্ম্মদা হোংবা লৈতনা, মমাংঙৈগী মৈতৈ অরিবগী লীচৎ শাচঙ্ চঙ্না লৈবা, মৈতৈ জাতিগী মনুংদা Conservative Party হায়বহৌ, মখোয়সিনি।

মনিপুরদা মথক্কী আর্য্য জাতিগী মচা মশু ওইবা মৈতৈ জাতিসি সমাজদা তিনখ্রবস্নু, মখোয়বু নোংপোক হারম হায়না পুরানদা ইরি।

অস্নুম্না নোংচুমলোমদগী হায়বদি— কাছার, ত্রিপুরা, আসাম, বেঙ্গল নচিংবা ভারতকী মনুংদগী লাকপা মী কাঙবু কয়াস্ম লৈরি, মখোয়বু নোংচুপ হারম হায়না খঙনৈ মখোয়হ্নদি- মণিপুরী ব্রাহ্মণ, মণিপুরী মুসলমান, লাইরিকয়েংবম, ক্ষেত্রিময়ুম অসিনাচিংবনি

পুরানগী মতুং ইন্না মনিপুরদা লৈবা মণিপুরী জাতিদিঃ-

১। পোইনা (কোয়না) খুনথোরকপা আর্য্য জাতিগী মিটানি (মৈতৈ) শাগৈগী মচা মশুসিং, অসি ৩ থোকই।

(ক) চীংমী Schedule Tribe So called Primitive Hill people

(খ) চকপা Schedule caste Primitive people.

(গ) মৈতৈ –য়েক ৭ সলাই ৯গী পানা ৪ গী মী।

২। নোংচুপ হারম – ব্রাহ্মান, মুসলমান, লাইরিকয়েংবমনচিংবা। নোংচুপলোমদগী লাকপা মীশিং।

৩। নোংপোক হারম—চীনা, বর্ম্মনচিংবদগী লাকপা মী।

---

## মণিপুর জাতিগী অকুপ্পা মরোন

১। (ক) চীংমীগী মনুংদা জাৎ য়াম্না থায়রবস্ন চাউরাকনা কাঙলুপ ২ না মরুনি, মহ্নদি

(১) নাগা ১ দি নগ্ন। (২) কুকি ১ দি খোংজাই।

নাগা ১ দি নগ্ন জাতিদি মণিপুরগী অকোয়বা চীংদা চায়না লৈ অহুবু অয়াম্বদি অৱাং নোংচুপ অমসুং অৱাং নোংপোক্কী চীংদনা য়াম্না লৈ।

নাগা . দি নগ্ন হায়বা ৱাহৈদি সংস্কৃত লোন্দগী থৈরকপা লোম্নি: অর্থনা মায়গৈ ফি. ংনব, ফিরোন য়াম্না শিজিন্নদবা হায়বনি।

অদুগা মথক্কী চীংগী কাঙলুপ ২, নাগা অমসুং কুকি অসি মিতানি (মৈতৈ) জা তিগা পুন্না হৌমিন্নরকপা, (লাকমিন্নরকপা) কাঙবুনি হায়বা খঙনবা মখোয়বু পুনা তৌ অমদি হাও হায়না খঙনৈ মসিগী প্রামান মথক্তা পনখ্রে। অদুগা মহাভারত পুরাণদি মখোয়সিবু ফজরবা, মশা পানবা, ময়াদা মৈ তৌব, মানবা লিনগী জাতনি, মখোয়গা অর্জ্জুনগা লান তৌনৈ হায়না ইরি।

মণিপুরী নাগাদি জাৎ ৫ না মরু ওইবনি, মখোয়চুদি

১। লাহুপা ২। তাংখুন

৩। খোইরাও (কোইলা) ৪। কবুই ৫। মরিং

খোইরাওদা সাগৈ ৯ থোকখ্রে, মখোয়চুদি,

১। থাঙ্গাল ২। মাও ৩। মরাম

৪। ওয়ুল ৫। থেংবা ৬। মৈতৈ ফম

৭। ময়াংখাঙ ৮। তোকপা ৯। কাচাং ১দি কাচা।

কুকি লৈফম হৌফমদি, মণিপুরগী মখা অমসুং খা নোংচুপ্তানি। হৌজিক্কি মণিপুরগী চীংগী লমদম অযাম্বদা চাইনা তাখ্রে। মচুম ওইনমক মখা ১সুং মখা নোংচুপ্তনা য়াম্না লৈ কুকি জাৎসি য়াম্না থৌনা ফবা; অকিবা লৈতবা জাৎনি। মখোয়সি উবদা অকিবা পোকই হায়বদগী উকি ১দি কুকি হায়নৈ। অদুগা মখোয়দি খুন চাইনা তাই, য়ুম ২।৩ তা ওইরবসু খুন ওইনা তাচুনা লৈরমই খুন চাইনা তাই হায়বগী খোংচাই ১দি খোংজাই কৌনৈ। অদুনা কুকি

হায়রগা অরিবা জাৎপু খুডনৈ,, খোংজাই হায়রগা অনৌবা য়ুমহোংবা কাডবুবু খুডনৈ ।

কুকিগী অরিবা জাৎতি, :—১। কোম, ২। অনাল, ৩। নানফৌ ৪। চিম্ ৫। কোইরেং ৬। চোথে ৭। পুরুম্ ৮। মান্তক্ ৯। লমগাং ১দি হিরোই ১০। আইমোল্ ১১। খারম্ অসিনা অথোইবনি । মখোয়সিগী মরুংদা অনাল নানফৌ য়াম্না থৌনা ফবা লান্থৌবা কাডবুনি ।

অনৌবা খোংজাইগী জাৎতি :—

১। থাদো ২। বুংসোন ৩। চাংসেন ৪। সিংসোল ৫। মোংভুং ৬। খলাংগাম ৭। চুংলো ৮। চাংপুং ৯। হাওকিপ ১০। সিমতে ১১। কামহাও ১দি শুক্তি ১২। চশাৎ (মসি হাওকিপতগী খাইবনি)। -অসিনচিংবনি ।

অদ্র ; সেকমাইনচিংবা হৌজিক গৌরধর্ম্ম চৎত্রিবা কাডবু খরা লৈরিবসিবু মৈতৈ অরিবা Schedule caste হায়নরিবা কাডবুসি মৈতৈ অশেংবনি মখোয়না মৎমগী মতুংইন্না ধর্ম্ম মান্নরা চৎতবদগী মখোয়বু অতোপ্পা জাৎ অমগুম্না খনবতনি, থাংগৈ শেংবা মৈতৈ অশেংবনি মরমদি হৌজিক ফাওবা মখোয়না মমাংঙৈগী ধর্ম্মদু থাদোক্তনা Consrevative party ওইনা লৈরি । অমুস্থা Schedule caste গী কাডলুপ অসি মৈতৈ পুরাণ য়াম্না খুডই, মৈতৈ ময়েকনা ইবা পুরান অয়াম্বা মখোয়গী মখুত্তা লৈ মৈতৈ লাইরিকমু য়াম্না হৈ । থাড-তাগী থেঙ্গোরোন পুম্বমু মখোয়না শীজিন্নৈ ।

১। (গ) মৈতৈ- য়েক ৭ ; সলাই ৯ গী মরুংদগী পানা ৪ গী মী । মখোয়সে য়েক ৭ সলাই ৯ থোকনা খায়দোকই । হায়বদি মখোয়সি মপা মপু তমত্তদগী হৌরক্লগা মীশিং খরা য়ামলকপা মতমদা, মখোয়গী মপা মপু অফাওবা খরাদগী য়েক ৭ অমদি সলাই৯ থোকনা খায়দোক্লই । অমত্তদগী ৭ থোক্না খায়দোক্লনা য়েকৈ হায়রগী য়েক হায়বনি, সলাই হায়বদি সন্দোকপা লাই হায়বনি ।

অসুম্না নোংদা লাইরেনগী মতমদা (খৃঃ ৩৩—১৫৪) ১। নাহারূপ ২। অহল্লুপ ৩। খাবম ৪। লাইফম হায়না পানা ৪ থোক্লা খায়দুনা হায়রিবা মৈতৈ অসি পানা ৪ থোক্লা খায়দোকই। খৃঃ ১০৭৪—১১২২ দা লোয়মবা নিংথৌ হাকুক্লা ১। লুপলেন লুপ ২। থৌজালুপ ৩। কোংজালুপ ৪। খুরাইরূপ ৫। চীংজা লুপ ৬। খাইজা লুপ হায়না পানা ৬ থোক্লা খায়দোকই।

খাগেম্বা নিংথৌ হাকুক্লা (১৫৯৭—১৬৫২ A.D.) ১। নাহারূপ ২। অহল্লুপ ৩। খাবম ৪ লাইফম ৫। সঙ্গুবা অহল ৬। সঙ্গুবা মথং ৭। সঙ্গুবা য়াইমা ৮। সঙ্গুবা অতোম্বা ৯। হিদাক ফানবা ১০। পোৎসংবা অসুম্না পানা ১০ থোক্লা খাইদোকই।

মণিপুরী জাতিগী মহুংদা মরু ওইবা কাঙলুপতি পানা মীশিং-সিনি. মখোয়সি থায়নগী মপা মপুগী হৌনবা লীচৎ শাজাৎকা. মতম মতমগী চৎনরকপাগা চাননা চত্তুনা, অরা অনা কয়া খাঙহুনা লৈবাক নিংথৌ ধারা মথং মথং কায়দনা, লৈবাক ঙাক্তুনা পাল্লকইবা অমসুং মতম মতমদা মীরৈবাক য়েক্লবস্ন মায়থীবা পীহুনা খুৎুম চল্লমইবা কাঙবুনি। মণিপুরী জাতিগী সভ্যতাগী দায়ীদি, হায়বদি দায়ী মরু ওইবা পুরিবদি ঙাকলিবদি মখোয়সিনি।

পানাগী অর্থ—পা—না পু—না, হায়বদি মপানা, মপুনা থৌনা ফাবা কাঙলুপকী মীবু পানা হায়না খঙনৈ। পানা থোকপা মথৌনা লৈনা থবক পাঙথোকপা, অমদি অতোপ্পা অতোনবা জাৎতগী পানাদা ওনখৎপা. চনশিনবা। পানা ওনখৎপসি, অঙম্বা, নিংথৌনা য়াম্না চেকশিন্না, মুন্না মীহুগী চাং য়েংলগা মতুংদা পানাদা চঙহল্লি।

পানাগী থবক্তি মরু ওইবা লৈবাক ঙাকপা, নিংথৌ শেন্নবা লৈবাকী স্বাধীনতা কায়দনবা থৌনা লৈনা থবক তৌবা অসিনি। অসুম্বা মীওইগী কাঙলুপতা য়াওগে হায়রবদি, অঙম্বা নিংথৌনা, মীহুগী মথৌনা মশিংজেন. লীচৎ শাজৎ মন্না চাং য়েংলগা পানাদা চনশিল্লি।

পানাগী মরু ওইবা থবক্তি লাণ্মীগী থবক হীয়াং, লমজেন, মুক্না, কাণ্ডজেনচিংবা নিংথৌ য়াওনা তৌবা থবক্তা পানাগী মীনা মরু ওইনা তৌই।

---

# মণিপুরী জাতি—য়েক সলাই।

মনিপুরী জাতিগী পারি পুরি য়াওবা লৈথক লৈথারোন পুরাণ; পুদিল পুরাণ; সলাই সংগোক পুয়া; অপোকলোন পুয়া, সঙ্গাই ফম্মাং পুয়া; চেকখোঙ পুয়া; নোংগ্রং পুয়ানচিংবদা মখোয়সি অতিংকোক গুরু সিদবদগী হৌরকপা, পোকলকপা ওইনা ইবদগী মনিপুরী জাতিদি তশেংনা মপা মপু অমত্তুদগী হৌরকপা জাতিনি, অতৈগা তিন্নদুনা পোকপা নত্তে হায়বসি তশেংনা খঙবা ঙমই।

অদুগা মখোয়সি তশেংবা বৈদিক সংস্কৃতিনা মনাং ওইবা জাতিনি হায়বগী খুদমসু মথক্তা হায়গে। অমুম্বা জাতিসিংগী হৌরকপা মীহৌরোন অমসুং মখোয়গী পারি পুরি মুগ্না তশেংনা খঙবা উবা ঙম্মবা, জাতিসিংগী মমুংদা খায়রিবা য়েক ৭ সলাই ৯ গী মমুংদা লৈবা য়ুম্নাক, অদুগা জাতিসিদা নৌনা তিল্লবা অতোপ্পা মীসিংগী য়ুম্নাক শাগৈগা লোয়ননা মচা খায়না নিংসিংলি।

## য়েক ৭—সলাই ৯

মথক্তসু হায়গে মদুদি,—সেদনা মীওইবা জাতিসু মফম অমত্তদা পোকমিন্নে, মখোয়দু মরু অহানবদগী নিয়ম নাইবা, মন্ত্র উবা, লাইগী মচাগুম্বা ওইবা মরমদগী কাণ্ডলুপ ৭ থোকই।

অদুগা মৈতৈ পুরানদসু অতিংকোক গুরুনা মফম অমত্তদা পোকপা মচাসিংগী মরক্তা মতীক মগুণ অমসুং মখোয়না তৌবা থবক্তগী কাণ্ডলুপ তরেৎ থোক্না খায়খি কাণ্ডলুপ ৭ অদুদি:—

১। সবাং—লৈশাংথেম ২। হাওরোক কোনথৌ

৩। থাঙ্গ কম্বোং ৪। খুনফম—ঙাংজেং

৫। হাওখা—লোকখা ৬। হৈবেম- খুমজান

৭। নিঙোন—লাইতোন

মমাংদৈ সংখ্যাগী হৌনা অতিংকোক শুকনা পোকপা মচাশিংবু মশা মউ অমত্তদগী পোকপা ওইরবসু, মখোয়গী মওং মতৌ শক্লা, চুদা, মতৌক মগুণ খেন্নবগী মমিংস্ম মান্নদবা মরমদগী মরু ওইবা মখোয়তু কাংলুপ ৭ থোক্লা খাযদোকখি প্রমাণদি উ অমত্তনা মশা মরেং ৭ লোঙবগুম্বনি।

অসুম্না মশা মউ অমত্তদগী পোকখিবা শুকগী মচা মশুশিংতু নোংদা লাইবেন পাখংবগী মতমদদি (খৃঃ ৩২ : ৫৪) মীশিং য়াম্লক্লুনা মুয়াক :৮ থোক্লা মমিং থোল্লগা, য়ুম্নাকশিংতু ৭ থোক্লা য়েন্নতুনা খাযদোকই। ময়াম্ব ৭ থোক্লা যেন্নে হায়বগী এক-য়েক হায়খি।

অতুগা মশা মউ অমগা ওইবরসু, মশা মবেংগুম (শাখা) ৭/৯ থোক্লা খাযদোকই হায়বগী শাখা শাখায় শক্লাই অযুম হায়খি। শাখা শানাইগী অর্থদি শন্দোরকপা লাই হায়বসি মঙোন্দগী মশা মরেং লোঙবগুম্না শন্দোরকই হায়বগী অর্থদা শন্দোকপা লাই হায়বনি।

অতুগা মপা মপু অমত্তগী মচা মশুশিংতু মীশিং য়াম্বনা তোঙান তোঙান লৈনরবসু অহানবদা মখোয়গী য়ুমশিংতু নক্লুনা লৈনরম্বা মরমদগী য়ুম নক্লবা হায়বদগী য়ুম্নাক হায়খি।

## য়েক সলাই

মথক্তসু হায়খ্রে, মতুদি, মণিপুরী জাতিদি শুক ৩ গী মচা মশুনি হায়বদি সুপ্তগী মুমিংকী মচা মশুনি। মখোয়সি অহানবদা ৯ থোক্লা লেপ্লমই, মতুদি:—১। নিংথৌজা ২। অঙোম ৩। লুৱাং ৪। খুমন

৫। মোইরাং ৬। খাবা ৭। ঙানবা ৮। চেংলৈ ৯। সরাংলৈশাংথেম অসিনি।

মতুংদা য়েক ৭ থোক্না খায়রগা নিংথৌ অময়ম হাপ্পা মতমদদি মথক্কী ৭ অসিবু য়েক ৭ হায়না খঙনরে, অপুনবা ৯ অসিবুনা সলাই ৯ হায়না খঙনৈ।

মসিগী ভাবতি মণিপুরী জাতিদি মপা মপু অপোকপা অফাওবা ৭ নত্রগা ৯ গী মচা মগুনি হায়বতনি। সলাই সগোক পুয়াদদি অপোকপা খুরুম্বগী মরমদা সলাই ৭ তা মথোকই মদুদি : ১। নিংথৌজা ২। অঙোম ৩। লুৱাং ৪। খুমন ৫। মোইরাং ৬। খাবাঙানবা ৭। চেংলৈ সরাং-লৈশাংথেম। মৈতৈ পুয়াদা য়াওবা য়েক সলাইগী মরমদা খরা নিংশিংলি :-

১। অহানবদা গুরু-সিদবনা, মপাবু অমদি গুরুবু মশক খংত্রা য়েংগে হায়দুনা, যণ অশিবা ওইনা ইশ্বাল তুরেন্দা তাওথরকই। মদু উবদা কুপত্রেংনা যণ অপুম্বনি তুকচৈ হায়বে, সেন্দ্রেংনা যণ অপুম্বা ওইরমদবসু য়াই, কান্নিগুম্বা লাইগী মায়া, শায়োন ওইরম্বসু য়াই হায়না যণ অশিবনবু মমৈ হাইবা চৌনদে হায়না হায়রকই, মদুদা গুরুনা মমৈ হাইদা হাইঅরোই নিংদুনা খঙহন্দে হায়বগী মতাগুম মচৈ হাইরকই। মদু উবদা কুপাত্রেং সেন্দ্রেং অনিনা গুরুনি হায়বা খঙদুনা যণ অশিবদু কংফান্দা চিংখৎলে।

গুরুনা ওইরিবা যণ অসিবদু মতমদুগী মী কাঙলুপ ৭ অদুনা মৈ থাদুনা পোৎলোইনবগীদমক য়েন্নখি। গুরুগী মখাদু খায়দুনা য়েন্নবদা মানা মানা ফংবা শরুক অদুগী মতুংইন্না মমিং থোন্নখি। মদুদি :—

১। নিংথৌজা—সেন্দ্রেংনা গুরুগী নিংথিজবা মীৎ লৌবদগী মাগী য়েকপু নিংথিবম নিংথেম ময়ুম নিংথৌজা হায়খি।

২। অঙোম—কুপত্রেংনা গুরুগী অঙৌবা, ঙৌনা তাঙবা খোয়ী লোই হায়বগী অঙোম কৌখি।

৩। পান্থরিংবনা—গুরুগী লন্নাই লেনফু লৌবদগী ল্‌রাং হায়খি।

৪। খুমন লৈসংতাওনা গুরুগী খুমাঙ লৌবদগী খুমন হায়খি।

৫। মোইরাং—কোনসৌরেন্না মৈকুপফমগা মবুক্সী মরিং মরাংবা লৌবদগী মোইরাং কৌই।

৬। খাবা—অশংবনা চেংলৌ মাইথোংগী মথা থংবা শরুক লৌবদগী চেংলৈ খাবা কৌই।

৭। ঙানবা—তুমাঙানবনা গুরুগী অঙানবা থমোই লৌবদগী ঙানবা কৌই।

বিজয় পঞ্চালী।

১। অনিশুবদা—মৈদিঙু তাওথিংমাংগা ময়াম্বা যোইমোংবগা অনিনা, তুরেল অচৌবা ইস্কাল তুরেন্দা সোয় অমমমন পন লাপ্তুনা থমনৈ। মতমতুদা লাই সিদবনা মচিন মনাও অনিসি কনানা ধর্ম্ম হেন্না খঙবগে য়েংগে হায়রুনা তুরেন ইচেন মতুংইন্না যণ য়াংমানবী মচু ওইনা অশিবা শাতুনা তাওখরকই।

অহানবদা য়োইমোংবগী ৭,লমাঙদা ইরৈনা লয়সিন্দুনা লৈরুই। য়োইমোংবনা যণ অশিবনি হায়তুনা পন ফাংতোক্তুনা তাওথহনখ্রে। ২১৩ মক হন্না লয়শিন্দুনা তাউশিল্লকপবু অতুম্মক ইনথোক্তুনা তাউথহনখি।

মতুংদা মনাও তাউথিংমাঙগী সোয়শন্দা য়োরকলে। তাউথিংমাংনা পন ফাত্তুনা তাওথখিনবা তৌবদা তাউথদে। মৈদিঙুনা লৈবা মায়কৈরোমদা হন্না হন্না লয়শিন্দুনা লৈরে। মতু উবদা তাউথিংমাংনা হি করিনো, যণ অশিবনবু তাউথনবা ইশিং ফাংলগা তাউদি তাউথরতুনা লয়শিন লয়শিল লৈরিবা অসিবু করি ওইরিদগে, চিঙু করম্বা লাইগী খুদম শায়োন ওইত্রা হায়না থন্দুনা পৌনা কোংশিন্দুনা যণ অশিবতু কংফান্দা চিংখত্তুনা থম্লে। মতুংদা যণ অশিবতু উনানা কুপতুনা থনম্নগা, ময়ুমদা কারক্তুনা রাখল তৌনা তৌনা অহিংতু তুমলে। মমঙদা গুরুনা তাকপিরমই—"তাউথিংমাং নচিন ননাওগী ধর্ম্মগী লমচৎ য়েংগে

হায়না ঐনা বণ য়োংমানবীগী মথক্তা ভোংতুনা কুরুম চৌংদগী মপ্লোংখোং তম্না শাকপনি। নংনা ঐগী হকচাংগুম্না লোকচবা অতু সলাই নিংথৌ পুম্নমক্তা য়েম্নতুনা উক্রোং পোংলোইবা' হোঙউ মৈ থাতুনা পোংলোইজৌ, নিংথৌ নংগী য়াইফগনি'

গুরুনা তাক্লম্বা মতুংইন্না মৈদিঙু সলাই ৬ কী নিংথৌ কৌথকুনা গুরুগী হকচাং অতু মচেং ৭ থোক্লা থায়বগা সলাই নিংথৌ ৬ মক্তা মচেং অমমম য়েল্লে, শরুক অমনা মৈদিঙু তাওথিংমাংনা উক্রোং হোংলে। চুকশা মৈ থাতুনা মতুদগী সলাইগী মরক্তা য়েক হায়বা থুদম অসি থোম্নখি। গুরুগী হকচাংবু য়েন্নে হায়বগী য়েক হায়না কৌখি। পৌনা কোংশিন্দুনা নমতুনা লৌখংলি মফমতু পাউনম হবৈন হায়না কৌরে। গুরুগী মউনবু কংনবা, ফৌই হায়তুনা সনা কোন্নুং ময়ামবু কংলা অস্নুম হায়খি। মী উদনবা, তীল কাণ্ড লোংদনবা, অশিবা গুরুগী মশাদা কুপ্লম্বা উনা অসিনা যণকুপলে। উনাতুনা কুপ্পা মতমদা ইশং শংই, গুরুগী হকচাং উহন্দে হায়বগীসু যনকুপলে শংব্রে হায়না মিংথোল্লে। মৈদিঙুনা গুরুগী হকচাংবু পোংলোইফম অতু মংলেন হায়না নিংথৌশিংনা শিরগা পোং-লোইফম ওইনবি। মানা মানা লৌবা শরুক অতুগী মতুংইন্না য়েক মমিং থোম্নখি। মমিংদি মথক্তী অহানবদা হায়খ্রিবা অতুগা অম্মানি। মসিনা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মশু তাওথিংমাং (খৃঃ ৬৮-৩৬৪) হাক্তকী য়াম্লিনি

৩। অহুমস্নুবদা নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতুংদা নিংথৌ ওইনা পানবা, ৮ সুবা মৈদিংঙু লাইরেন নাওফংবা (খৃঃ ৪২৮-৫১৮) হাক্তক্তা এক সলাইবু মাগী প্রজাপুম্বদা থায়দোকই। মৈদিঙুসিগী মতমদা য়েক সলাই থায়বসু মথক্তী ত্রেতা যুগকী সেন্দেং কুপত্রেং অনি মতমদা থায়বগুমম্না থায়রগা, হুমিং চয়োন ৭ কা, মখোয়গী অফাওবা মপা মপু অপোকপসিংতুগা, পান্দুনা কংলাদা থায়খি।

১। নোংমাইজীং – কুপত্রেং—অঙোম য়েক
২। নিংথৌকাবা—সেন্দ্রেং- নিংথৌজা
৩। লৈবাকপোকপা—শাম্মরিংবা— লুৱাং য়েক
৪। খুমশকৈশা—লৈসংভাউ— খুমন
৫। সাগোলসেন—কোনসৌরেন— মোইরাং
৬। ইরাই অশংবা খাবা
৭। থাংজা – তুমাঙানবা – ঙানবা

য়েক সলাই মমিংসু নথক্কী সেন্দ্রেং কুপত্রেংগী মতুমদা, মান মানা লৌবা শরুক্কী মতুংইন্না মমিং থোনবা অহুম্না থোনখি। খায়দনা য়েন্নবদা মানা লৌবা শরুক্তুগী মতুং ইন্না কাঙলুপ ৩ অদুগী মমিং থোনখি, মতুমদি :

১। নিংথৌজা গুরুগী নি থিজবা মীং অমসুং সিন্নুং ফিন্নুং লৌবদগী নিংথিবম, নিংথৌ ময়ুম নিংথৌজ। মতাং য়েক সলাই হায়খি।

২। অঙোম– গুরুগী অঙৌবা খোবী লৌবদগী অঙোম য়েক থোনখি।

৩। লুৱাং– গুরুগী লুৱাই লেনফু লৌবদগী লুৱাং কৌখি।

৪। খুমন – গুরুগী খুমাঙ লৌবদগী খুমন য়েক কৌখি

৫। মোইরাং –গুরুগী মবুক্কী মরিং মরাংবা লৌবগী মোইরাং।

৬ খাবা গুরুগী চেংলৌ মায়থোংগী মখা থাংবা শরুক লৌবদগী চেংলৈ খাবা কৌখি।

৭। ঙানবা গুরুগী অঙানবা পমোই লৌবদগী ঙানবা সালাই। কৌখি

গুরু সিদবনা যন য়োংমানবী অশিবা ওইনা তাওথবগী রাসি. লৈথক লৈখারোন পুৱানগী রানি। য়াম্মা ঙল্লিঙৈগী রানি লৈসেম্বা

মতুংদা গুরুগী মচাশিংগী মরক্তা লৈবাক্কী মপু ওইনবা খনবা, চাং য়েংবগী য়ানি। মতাং অদুদা য়েক সলাই খায়বগী য়া পন্দে, পনকমস্তু থোক্কে, মরমদি গুরুগী মচাসিংদু অহানবদা, সত্যযুক্তা কাঙলুপ ৭ থোকনা খায়বনি, মতুং কলিযুক্তা নোংদা লাইরেন পাখংবনা পানবা মতমদা মথক্কী কাঙলুপ ৭ অদু য়েক সলাই ৭ হায়না খায়দুনা খঙনবনি। লৈথক লৈখারোন পুরানদা য়াওবা যন অসিবা তাওথবগী মতাংদু চপ চানা মখাদা নিংশিংলি।

হৌজিকত্তি অপানপনা নিংথৌ ওইপকি হায়কে, অত্যা সিতপনা হায় মুংনাংলেন অখুপতা লৈপাক অসিত্তি কনাপু লেপহনসিপনো তানাএ।

মুংনাংলেন অখুপনা ( গুরুনা ) হায়—অত্যা সিতপা, কুনচিল তুথোকপা নঙথোয় ৩ না নোংথৌ মখোঙ কোয়নাও হান্না থুংলপনা লৈপাক্কী মপু ওইও হায়।

অত্যা সিতপনে অসিপনে ২ মাতি নোংথৌ মখোঙ কোয়খিএ।

কুনচিল তুথোকপত্তি লৈরৌএ। গুরুনা অতোনপা নঙত্তি করিকি লৈরৌপনো চংও-থোপ। অতোনপনা খুমই, ঐত্তি গুরুকি ফাল-খোঙতুম মকোয়চকে, নোংথৌ মখোঙত্তি লৈতে হায়তুনা গুরুপু খুরুমতুনা ফমলে।

গুরুনা হায়—অতোলপা নঙত্তি ঐকি ইতিক অচৌপপু করম খঙপনো, ইপা অরিপনে হায়তুনা পাখঙ য়োইরেলপা কৌএ।

অসাইগী নোংথৌ মখোঙ কোয়পা ২ মাস্তুঙ থুংলবে। অতোলপত্তি থুঙলমলপোইএ হাইএ।

গুকনা ননাওত্তি হন্না থুংঙমলে হায়এ। লৈপাক মপুত্তি মানে হায়তুনা লোইরে।"

"গুক সিদবনা কুরুম চিঙতকি যণ য়োংমানপি ওইনা তাওথরকএ। অহলপত্তি হিথেনত্তি লেমথোঙকি থোংলেল নোইনা ফমলে।

য়াইলপকি হিথেলতি তানথোঙকি আয়াঙথোঙলেন নাইনা ফমলে।

অতোলপকি হিথেলতি কংলৈ হিকারমলে।

অহলপকি হিথেলতা গুরুনা যণ য়োংমানপী ওইনা তাওথরকপপু অহলপনা খণ্ডতরপকি ইনথোকএ।

য়াইমপালসুগু খণ্ডতরতুনা ইনথোকচএ।

অতোনপনতি ইপানি হাযতুনা পুখংচবে।

অতুকি পাখণ্ড যোইরেলপা কৌএ।

অতোলপনা গুরুবু পোংলোইপতি থিংক্রেচিংকি থাপাক ঙাক্লফমত লোইএ। সিঙতি গুরুকি সমনা ইকই থৎপাকনা থকখল ওইএ।

লাই ৩ মানা পোংলোইবপতা মাক চুলথপতি সিংথৌ থোঙখুপনা মংলিংএ। নৈমা পিযাইদুনা মংসঙএ। চুলথবা মফমতি লোইবেম খুনপিবোকতনে "

গুরুনা যন অসিবা ওইনা তাউপরকপদি সত্যযুগকী রানে। পণ্ডিতশিংনা হায়বিবা কুপাত্রেং সোন্দ্রেং অসিদি ত্রেতা যুগকী নিংথৌ মচিন-মনাওনি। অতুগা য়োযশেংবা তাওথিংমাং মচিন মনাওনা কলি যুগকী রানি নোংদা লাইবেন পাখংবগী মশু মচিন মনাওনি, পাখংবগী মতুংদা খৃ ২৬৪ – ৩৬৪ দা মৈতৈ নিংথৌ ওইনা পানবনি। নোংদা লাইরেন পাখংবনা যেক সলাই খায়বগী রাকমদি খৃঃ৩৩ – ১৫৪ ফাওবগী মতুংদা মানা নিংথৌ ওইনা পানবা হৌগৎলকপদা লৈবাক শাসন তৌবদা খুদোং চানবা হাযতুনা মতমতুদা লৈবদা মীয়ামতু, পুম্না কংলাদা তিন্নবগা মতমতুগী য়ুম্নাক ১০৮ বু য়েক ৭ থোক্লা খায়না য়েন্নতুনা মাগী মাগী য়েক সলাই মশক লেপ্পখি।

লেপ্পবা রাবেপ্তি য়েলহৌদৈদা, ইপা ইপু অমত্তদগী হৌবকপা ওইরবসু কাওলুপ ৭ থোক্লুনা লৈরকইবনি, মতুং অসিদদি য়েক সলাই অমগী মমুংদা মুপী নিপা লৌনবা লৈনবা তৌনগমুসি মীয়াম পুম্না য়ানতুনা, মুংজেং নোংঞং ইরুপতুনা রাশরুখিবা রাবেপনি। য়েক সলাইগী

ময়মতা নত্তনা সাইরুপ তিন্নবা পু তিন্নবা অসিনচিংবসু লৌনবা লৈনবা তৌনগন্নুসি হায়না লেপ্নখি।

সাইরুপ তিন্নবা,—নিংথৌজা নিপা অমনা, অঙোম নিঙোল অমা লৌরে, অঙোম নিঙোন অহুনা, খুমন নিপা অমনা লোন্না কোন্নহুনা, খুমন নিপাসিগী মচা অমা পোকলে, পোকলিবা অঙাংসি নিংথৌজাদসু তিন্দ্রে, খুমন্দসু তিন্দ্রে, মাবু য়ুন্নাক অমা থোনবতারে। মসিবু সাইরুপ তিন্নবা কৌই। নিংথৌজাগা, খুমনগা, পোকলিন। অঙাংসিগসু সাইরুপ তিন্নবা কৌই। অহুগা মুপী অমনা, লুরাং নিপা ১ দা ও হুনা মচা অমা পোক্লগা, লুবাং নিপাক্ত শিহুনা মোইবাং নিপাদসু শিহুনা অমুকসু খুমন নিপা অমদা অমুক ওহুনা মচা অমা পোকলে। পোকলিবা মপা তিন্নদবা মমাদি তিন্নবা অঙাং, ও অসিবুসু, সাইরূপ তিন্নবা কৌই।

পু তিন্নবা—নিংথৌজা নিঙোল অমা; খুমন্না লৌই নিংথৌজা ১সুং খুমন য়ুন্নাক অহগী মচা মগু মগা, মথং তাবকপা অসিবু, পু তিন্নবা কৌই।

অসুম্না সাইরূপ তিন্নবা পু তিন্নবা অমসুং য়েক সলাই তিন্নবা অসি, লৌনা লৈনবা তৌগন্নুব্বি হায়না লেপ্লে। কুনাগুম্বনা, নিম্ন অসি কায়রগা, নিপা মুপী অহু, মচৎ ন্নাইদবনি, হায়হুনা, হাপ্পুজোং মুচিংবা মফমদা লৈহল্লি, ময়ামগা লিন্নরে।

অহুগা, মমাগা, পোকমিন্নবা মুন্দ্রোন, মচে, মচমচিংবা কুব্রিগুম্বা লৌনরবদি মখোয়মহু য়াইখিন্নু দা তিনহল্লি।

## মণিপুরী জাতিগী অভিবা মী

নিংথৌজা অমদি মঙাং য়েক সলাইগী মীহৌরৌন।

অতিংকৌক শুরুনা তাংগপিয়াইমাইদা কৌনজিন তুথোকপা পোকএ।

কোনজিন তুথোকপনা, লৈকক লৈরারেল্লা লৈসংলেন অসংবা পোকএ।

লৈসসংলেন অসংবনা, লৈতংলেন চন্নুদা লাইতোংলেন অতোংবা পোকএ।

লাইতোংলেন অতোংবনা লৈফুরেন চন্নুদা লৈতেংলেন লিন্দাং শাংবা পোকএ।

লৈতেংলেন লিন্দাংশাংবনা, কোনফু লৈফু চন্নুদা কোনসৌরেন তাঙজা মীলা পাখংবা পোকএ।

কোনসৌরেনা লাইয়েক লাইখোং চন্নুদা কুপত্রেং, সেন্দ্রেং ২ পোকএ।

সেন্দ্রেংনা নিংথেম ওই। মঙোন্দগী নিংথেম ময়ুম নিংথৌজা সলাই পোকখিএ।

## নিংথৌজা য়েক সালাই

সেন্দ্রেং পোকপদি, ত্রেতা যুক্তনি, ইংগা থাগী থানিন ১৫ নি পানবা, সগোনসেন নুমিংকী, নুমিং য়ুংবা মতমদা পোকএ। রিতু মচুদি অঙাংবনে। থবানামিচাক্তি থবানে। লাইদি থাংজীং লাইনে। মমিংদি তিনঙাংলেন তরং হাং টি কৌএ। উ, নুং পাৎ অহুমদি নুংজেংদনে। লৈদি থম্বাল মনা ১০৮ পানবা অঙাংবনে। পোকফমদি নুংজেংদনে।

পিরিংলু অহুমনু অবেবা, মাইরোং হৌবা চনু, নোংদা নোংখল লেম্বী, লৈনুং য়াখু য়াবী চনু, চাখা লুরোন পিরোন য়াম্বী, য়ুমজাও লৈমা ওইবী, লৈমা অহুমলক ওইবী, নিংথৌ অহুমনা পান্নবী, লৈনুং য়াবী রোকনা, খমুং য়াপি চনুনা, নোংদা লাইরেন পাখংবা পোকএ। কলিগী কুমসিং ৩১০৮ সুবা, খঃ ৬ সুবা, কালেন থাগী পুনিমা, য়ুমশাকৈশা নুমিংকী, নুমিং য়ুংবা মতমদা পোকএ। থরানমিচাকতি থাতোননে। নাওরোইবীদি য়াম্বীরোকনে। রিতু মচুদি ঙাংয়েকনে। মচুদি য়াম্না লংই। ইরুবদি নুংজেংদনে। মৈদি মৈয়েনে।

নাহৈদি, না হাইবদি উরুংলে। থাংদি চাকথাংনে। লৈদি থম্বাল অঙাংবা মনা ১০৮ পানবনে। লাদি চংবী লানে। মঙোন্দগী নিংথেম ময়ুম নিংথৌজা য়েক সলাই পোকখিএ।

নিংথৌজাগী মপা মপু পোকপা অপোকপা খুরুম্বদি মথক্কী হাইহেসি হায়রুনা অথঙবা পণ্ডিত মাইবা মাইবীনা খুরুমগনি।

য়েংগদবা—নোংদা লাইরেন পাখংবা পোকপসি পুরাণ অমদা হায়বদি চৈথাবনা লাউবা মরোম্দা ইঙা থাগী পুনিমা সগোলশেনদা পোকই হায়না ইরি।

সলাই সগোক পুরাণদা কালেন থাগী পুনিমা য়ুমশকৈশা মুমিত্তা পোকই হায়রি। সোয়বা য়াদবা অপোকপা খুরুম্বগী মরম ইবা সলাই সগোক পুরাণগী মতুং ইন্না ইজরি।

---

# নিংথৌজা সলাইগী মৈতৈ নিংথৌসিংগী মিং

| নিংথৌগী মিং | পানখিবা মতম | পাল্লম্বা চহি |
|---|---|---|
| ১। মৈদিঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা যবিষ্ট-কলিগী কুম শিং ৩১৩৭ চুবদসু নিংথৌ ওই। | খৃঃ ৩৩—১৫৪ / শকাব্দমাঙ ৪৫-;শঃ৭৬ | চহি ১২০ |
| ২। মৈদিঙু খুয়োই তোম্পোক ক্ষেমচন্দ্রসিংহ | খৃঃ ২৫৪—২৬৪ / শঃ ৭৭—১৭৬ | ,, ১১০ |
| ৩। মৈদিঙু তাওথিংমাং জলগত্যসিংহ | খৃঃ ২৬৪—৩৬৪ / শঃ ১৭৬—২৮৬ | ,, ১০৯ |
| ৪। মৈদিঙু খুইনিংঙোম্বা খগন্দীপসিংহ | খৃঃ ৩৬৪—৩৭৯ / শঃ ২৮৬—৩০১ | ,, ১৫ |
| ৫। মৈদিঙু পেংসিবা পুন্যক্ষেমসিংহ | খৃঃ ৩৭৯—৩৯৪ / শঃ ৩১০—৩১৬ | ,, ১৫ |
| ৬। মৈদিঙু কাওখংবা একোদরসিংহ | খৃঃ ৩৯৪—৪১১ / শঃ ৩১৬—৩৩৩ | ,, ১৭ |

